# পলেমগী পাউরোল

## (পাউতাক)

ঈমা

মৈতৈ

লোলবু

নিঙশিংশী

কাওগুম্সী

ইজবা

থোকচোম থোয়াঙবা মৈতৈ

# পলেমগী পাউরোল

( পাউতাক )



ইজবা

খোকচোম থৌরাঙবা মৈতৈ




অইবা অমসুং
অফোঙবা :
খোকচোম থোয়াঙবা মৈতৈ

✶ অহান্বা ফোঙবা :
( ইমোইনুগী নুমীৎ ) জা: ২১, ১৯৮৬ ইং

✶ কোপি মশিং : ১,২০০

✶ ফংফম থোকপা থোদাং
পুন্নমক অফোঙবগীনি।

✶ মমল : লুপা ৫/-

✶ নম্ফম : ইপাই, কোনুং মমাং, ইম্ফাল।

# অফোঙবগী ৱারোল

অঙাং অমা ওইনা ঐহাক ইশামক স্কুল তমলিৱৈদগী হৌনা শৈরেং ইবা, থীবা—ৱারেং ইবা, পাবা য়াম্না পামজনা লাকচখি। মরম অসিদগী ঐহাকপু 'পোবপী'বা ঈপানা ঐহাক্না শৈরেং ৱারেং ইবা পামজবা অসি উবদা পুকনিঙ থৌগৎপিবা ওইনা ঐহাক্না ইজবা শৈরেং ৱারেং কয়াগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৮২ গী ফেব্রুৱারী তাং ১৩ দা ঐহাকপু কবি শঞ্জেনবম নদীয়াগী য়ুমদা পুবিহুনা পাবুং অসিদা ঐগী শৈরেং ৱারেং অসিবু মঙৎ কমদোৱগে য়েংবিয়ু অমস্তুং মচা অমগুম্না সেমবীয়ু হায়না সিন্নবিখি। পাবুং মশামক্তু মচা অমগুম্না ঐহাকপু হরাউ হরাউ কোনবিখি। খুরুমজহুনা অমস্তুং মথুংনা শিং শিং লানবিহুনা পুক্নিঙ থৌগৎপিখি। তুমিং অসিদগী ঐহাক্তু পাবুং অসিবু ঈমিং পাংহনবিহুনা অৱাল-অহুই তাকপিবগা লোয়ননা লমজিং হিনাউ শাবিহুনা সাহিত্যগী লৈকোন্দা খোঙ থাংজিনহনবিখিবা গুরু অমনি খনজহুনা ঙসি ফাউবদা পাবুং অসিনা তাকপিবা ৱাফম কয়াদা ইন্দুনা লাকচরি। অমস্তুং পাবুংগী লৌচিং মখাদা হৌখ্রবা কবি সম্মেলন কয়াদা শৈরেং থিবা য়াউজখি। অহুগা ঐহাক্না লাইরিক অমতং ফোঙদোকচগে খল্লরকপা অসি য়াম্না কুইজরবনি অহুৱ লাইরিক ফোঙবদা চঙগদবা শেল ময়াম অহুগী খনবদা পাবুংনা ষ্টেট কালা একা-

দমিদা গ্রান্ট ফংনবা থাগৎলু হায়না তাকপিরকপদগী ঐহাক্না ইং ১৯৮৫-৮৬ কী লাইরিক ফোংবগী গ্রান্ট পিনবগীদা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমীদা ঐগী শৈরেংশিং অসি থাগৎচরুই। অদুবু লাইবক থীবদি ঐহাক্না ইজরুরিবা শৈরেং খর অসিনদি মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমিগী পুক্নিঙ পেলহনজবা ঙমজখিদ্রমাল্লে গ্রান্ট অসি ফংজখিদ্রে। অদুবু একাদমী অসিগী থৌপুবিরিবা মীওই কয়ানা পুক্নীং থৌগৎপিবা ওইনা মথংগী চহিদা ঐখোয় ফংন্নবা হোৎনগে হায়না তাকপিরকখী। পুক্নিঙ থৌগৎপিরকই হায়বদু মঙাই ফোংনবগী শেলদি লৈজখিদে। মতম অদুদা ঐহাক্না শৈরেংশিং অসিবু পাহনজরুবা খ্বাই মীয়ামশিংনদি "ঈনাংকী ওইবা; মনিপুরী", সাহিত্যগী পুক্নৈ চাওখৎকদবা হান্নসু অসি-গুম্বা শৈরেং অমং তা ফোঙখিদ্রিবা অন্নাংবা থাক্কী শৈরেংশিং অসি ফোংদবা য়ারোই শেলসু ঐখোয়না পুথোক্নী হায়না তাকপীরকপদগী ঙসিদি ময়ামদা ঐহাক্কী লাইরিক অসি ফোংদোক-চহনা অহোংবা মমলদা ফংহনজবা ঙমজরে। অদুগা তৌবদদি গ্রান্ট অসি ফংজখিদবনা শৈরেং তামদি হাপচদ্রে অদুগা অমনা খর শেমদোকচরে।

খ্বাই ময়ামগী
থোকচোম থৌয়াঙবা মৈতৈ
কোংবা শোদোংপুঙ।

# থোকচোম থৌয়াঙবগী ( পুন্সি বারি মতেক অংতং )



থোকচোম থৌযাঙবা ইং শোক ১৯৬৩ গী এপ্রেলগী তাং ৩, যুমশকৈশ . মনিপুৰা কোংবা ক্ষেত্র লৈকাইদা লাই-ববা ইমুং অমদা পোকখি। অপোকপগী মীংনা পৌষ হায়না কৌই। অপোকপীগী মংনা কেতুকী হায়না কৌই। অপোকপা মপা ইবুংঙো অসি অঙাং ওইবিরৈভদগী 'হৌনা গেবলিলা য়াঙবদা নত্তনা ওজা অমস্সু ওইবম্মী হায়না ঐনা অহল-লমন কযাদগী তাজে। অদুবু থৌয়াঙবা পোকপা কুমদগা মৈতৈ অমা ওইনা মৈতৈগী লাই-নিঙ লাইশোন তৌফম থোকই হাযদুনা ঈনাংকী ওইবা লম্বীদ খোঙ থাংজিল্লকখি হায়নস্সু ত হৈজে অমস্সুং হৌজিক .ফাউবা মৈতৈগী ঈশৈ শকপা অমা ওইনা লৈবি। থৌয়াঙবা অঙাং ওইরিভৈদগী হৌনা অহল লমনগী মতেং পাংদুনা অমদি লৈকাইগী থবক কয়াদা মায় পুননা হোৎনরকখিবা মীশক অমনি।

অহুগা ঐহাক্না খঙ্গবদা থৌয়াঙবা মশাগী পীথোরকপা অমা লৈ হায়জনিঙডী। মহুদি মহাক্না মশাগী চহি আন অহুমতমক ঙায়রিবৈ মতমদা অমুক্তা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা ঈমুঙগী অহল লমনশিংনা মাঙখ্রে হায়হুনা কোয়থি থিনরবা মতুংদা লাইনিঙথৌ সনামহি কাচিন্দা থাউমৈ পোদোন অমগা লোয়ননা উপ্রাং উপ্তুনা লৈরম্বা থেংনথি হায়না তাঙ্গে। মরম অসিদগী মপা পোকপা মবেনবোকনা মহাকপু মাইচৌ হায়না কৌপম্মী। হায়ম্মগুদনা মবেনবোক্না কৌরম্বা অহুমক শেয়হল্লরোয় মতাঙুম মশাগা চহি ১৩ শুরবপদগী মৈতৈগী অহল-লমন বয়গা মৈতৈ ময়েক অমদি পুয়া নৈনবা হৌখি। অমসুং হৌজিক ফাউবদা লাইনিঙ লাইশোল তৌহুনা মাইবা পীবা অমা ওইহুনা ঈরাৎ ঈশোল তৌরি, মসিদা নত্তনা থৌয়াঙবা অঙাং ওইরিবৈদগী হোনা মনাউনিপা থৌঙম্বগা লোয়ননা থাঙ, তা .অমদি শরিৎ শরাৎ মতিক চানা তমলকই। লাইফম কয়া অমদি মীয়ামগী মাংদা এহাক ঈশাম্মক য়াউনা 'থাঙ তাগী কুম্মৈ পাংথোকমীন্নরক্কই। অহুবু হৌজিকী মতমদা মায়াম মাঙদা থোক্তুনা অকল আরিং শাবনা ভুংকোইরোই অমসুং উরুবা মীনা চাং য়েংনিংলকপা য়াই খনখ্রমাল্লে বাহৈত্তনা মীবু লোয়নগনি অশাউববু থাদোকানি হায়হুনা ঙসি ফাউমা চৎথরকলি। অহুবু অচুম্বা তান্নবদা মীওই কয়াগা মরুপ অসিগা য়েংনথিদবদি নত্তে। য়েংনজৈ হায়বহু মঙাই মমৈথংদদি ঐনা লাল্লে হায়হুনা মী অহুবু অকনবা শকহল্লি। অহুগা অমরোমদা মহাক্ক

খুংথোক্লদবনা মহাক্কী অচৌবা মাই পাকপা অমনি ছায়না লৌরি। মরমদি মরুপ অসিবু কিহল খণ্ডহল্লকপা অমদি মহাক্না তৌজরিবা থবক্তা য়েংথং-পিরকপা মীবুসু মহাক্কী অকবা গুরু অমনি ছায়না খল্লী। মসি কনাগুম্বনা পঙহায় ছায়জিনবা মাল্লম্বা য়াই। অহুবু, অস্থুম অস্থুম তারক্লগদি খণ্ডবীরকনি নিঙজে। মরমদি মরুপ অসিগা করিগুম্বা মরম অমগী য়েংনরকপা মতমদা খুম্মকইবা মী অহুগী পাউথুম তারগা তারিবা ঐখোয়না খুং থারসিরঃ ছায়বা ফাউবা হৌবা য়াওগ্রবনি অহুবু মরুপ অসিনদি মহু য়াখিদে। অহুগা অহিং অথেংবদা, থেংনবদা কিরবা আর্মী, কমান্দো অমসুং সি, আর, পি, এফ, গী খুত্তগীসু মরুপকী ব্রাইহেমা লাইনা লানথোরকখি। মহুদি মহাক্কী মশাদা কনাগুম্বা পুলিস নত্রগা সি, আর, পি, এফ, না খুপাকনা থাখিত্রিবা অমসুং বটনা সুখিত্রিবা অসিনা খুদমনি। অদুগা অমুকসু মরুপ অসি মীয়াম তিন্নদুনা খন্ন-নৈনবা য়াউবা য়াম্না পামজবা মীশক অমনি। অহুগা মহাক্কী ছায়খিবা হোংগনবা ব্রাশক চেৎপা অমা লৈ। মসি ঐহাক্না ঈশামক্না ভমজবা ফাউবদা খর ব্রানা থোক্কদরা ছায়না খনজে। মহুদি মহাক্না চহি মশিং কক ককতুনা চহি অসিমা ইরু শুকলু লুজরোই ছায়হুনা লুখিদে। অতোপ্পা অমদনা মশা ফনা ভমত্রবা ফাউবা নোংমতা লেপখিদে। হৌজিকসু মহাক মীগী কনম ব্রায়রগা ইবা; মুক নিবা ভৌরোই ছায়হুনা হৌখিবা ইং ১৯৮০ দগী হৌজিক ফাউবা ভাকলকলি। অসিদ নত্তনা চহি অসিমা ভা চারোই, থাউ

চারোই..থুম চারোই, মবী চংপা চরোং য়ানদবা পোং চারোই হায়দুনা মতম কক কক্তুনা ভাকখি।

অভ্রুপাশিং অদুগী মরক্তা হৌজিক হৌজিক লৈরবসি কলম খ্রায়দবা, মুক নীদবা, ১০ নি পানবদা শগোনশেল ১সুং ইরাই তাবা তুমদবা অসিনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা থৌয়াঙবা অহল-লমনশিংগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৮৪ মার্চকী তাং ২ দা কোংবা শোদোং পুঙ হায়রিবা মফম অসিদা য়ুম হোংদোকখি।

অদুগা মরুপ থৌয়াঙবনা হৌজিক ওইরিবা অমসুং তৌবিবা থবক্তী।

১। কোংবা লাইশ্রম লৈকাই পান্থোইবী ঈরাৎ থৌনি লুপকী জেনেরেল সেক্রেটবী।

২। ষ্টেট লেভেল ডিবেক্তিং কম্পীটিসন কম্মীতিগী চিপ কনভেনব।

৩। মনিপুরি সাহিত্য পবিসদকী লাইফ মেম্বর।

৪। দি কলচবেল ফোবম মনিপুবগী লাইফ মেম্বর।

৫। লৈরৌ নোংরৌ মৈতৈ ইনাৎ ফুরুপকী লাইফ মেম্বর।

৬। কংলা নোংদম শঙলেনগী লাইগী থৌরম তৌবগী মাইবা।

৭। কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই মাইবা মাইবী এসোসিএসনগী হুইনা চিকপা লাইয়েংবা মাইবা অমা ওইনসু শরুক য়ারি।

সনসম গম্ভিরসিং মৈতৈ

ইন্টরনেসনেল আর্তিস ওফ মার্সিয়েল আর্ট।

# ৱাহৌদোক

লৈবাক্কী ঈচা নাও ওইবা ইবুংঙো—থোকচোম থোয়াওবা মহাক্না ইবা শৈরেংগী অখোমবা লাইরিক "পলেমগী পাউরোল" পারে মমুং তারে।

শকথংনবা নত্তে, লাইরিক্ক শকথংনবনী, পাবদা থংবনী, য়েংবদা থংব নত্তে। অঙুবু তনৌরিবা অশৈবসি তুঙগী লম্বীদা খোংফম চেৎন হোঙবা লৈত্রবদী শোয়দবা ছায়বত্থু শোয়দনা মেংলবা, তাম্নবা, অঙৈংবা, মৈতৈ অশৈবা অমা ওঙৈগনি।

মাগী "নোংমগী থৌদাং" কৌবা শৈরেংদা ওৎলিবসি য়াম্ন চুম্ব মৈত্রবাক্কী লৌউ-ফৌউবী, ডায়োন চায়োনবী ১দী মহুদা য়াওবী শানৌ ওইবী মৈতৈ চনু লৈশাবীশিঙনা নুমিদাং পলেম পনথৌ লাকপা ডাঙৈবা ফাওবনী। য়াম্ন চমঈ। মুংশী। অম্নুম্ন চম্ন, নুঙশিনা অমদি থম্মোই শেঙনা, অশেংবা লোম্ন ফোংদোক-পসি হৌজিক্কা, শাওংদা, কামলবা, অশৈবা নহাশিঙদা তাংনা থোকই।।

ঐগীদি মাতুন (মাম্মা অতোনবা) শ্রী এস, নদিয়া হেক হেক নীংশীংহুনতা লৈ। শৈদম্বসিগী ৱাহৈদ হাম্ন ঐন খনখি—'অনিগুবা নদিয়া অমা লৈরেদনা'—লৈস্নু লৈরমলে, মহাক্কী

"নদিয়াদা শৈথাবা" হায়না মিংথোনবা শৈরেং অসি থেংনরক-পদা এৌন হায় খনখিবত্থ চুমলে খল্লি। মহৃগীদমক ঈদোম হৃরাওই ঈচা-নাও'সিবু তুং কোইন খুৎই মায়কৈ 'সিদা চখহ্নন অশেংবা, শাওরবস্থ শাওদবা মানবা সুওশিবা শৈরেংশিং ইত্থনা ঈমা লৈবাক্কী অমদী লৈবাক-লৈকোনগী লৈময়োন ওইবা শৈরেংগী লমদমদা য়ায় তপ্প তপ্প পোৎলুম চাওন লময়ানলকনী খল্লী। খনবদা নত্তে। তাইবং মপুনা পীনবীরে।

"ঙাইখিশি" "চৈরাওবা" চয়দি ওইরগ, চয়দি ফোংলগা মমুংদি থমুং য়ৈবনি। হেন্ন, হেন্ন হেন্ন য়ৈহলুকখিগনি থাজে।

অহানবা খুদোলসিনা লমজীংহ্মনা খুমাংয়ানজবসিগী লাঈবক তাঈবং মপুনা নাওকোনবীসনু।

মহাক্কী—
লোইতোংবম পাচা মীতৈ
সেগা লম্বী, ইম্ফাল।

তাং ২১। ১। ৮৬ ইং
খৈহ্নদ দে।

## কোওদোকচবা

খোঁকচোম থৌয়াওবা মৈতৈনা ইবা 'পালেমগী পাউরোল' কৌবা শৈরেং কুপ্পা শাবা লাইরিক অসি পারে। মহাকী শৈরেং লাঈরিক অসিদা অরিবা ৱাহৈ ৱাওা শিজিন্নৈ; শৈরেং অয়াম্বদা পয়ার ছন্দদা ঈনবা হোৎনৈ। অনুপ্রাস, উপমা অমদি অমত্যানুপ্রাস অলঙ্কার শৈরেং অয়াম্বদা শিজিন্নবা ফংনৈ। চাউবা, কমল, অঙাংহলগী শৈরেংশিংগী শৈফং শৈদাদা অইবা ইবুংঙোসিন্ন ঢুংইনবা ঙমনি। মনিপুরী সাহিত্যগী খোঙদা নৌনা লেবা তৌগে হায়না ইবুংঙোনা খোঁবকনি। মপুং ফাবা লৈশক লৈচু লৈনম ওথা শৈরেংগী লাইরিক অমা ওইদ্রবযু য়ান্না থৌমা ফনা মনিপুরী সাহিত্যগী লৈফোন্দা লৈরাং অমা লৈহমজবসিদা এমা ইবুংঙোবু থাগৎতবা ঙমজদে।

শ্রীএল, ইরাবত সিংহ
হেড ওফ ডি ডিপার্টমেণ্ট, মনিপুরী
এম, বি, কলেজ, ইম্ফাল
অমসুং
জেনেরেল সেক্রেটারী,
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ২১-১-৮৬ ইং

( ১০ )

# বাহৈ খরদং

জনুৱারী ২০, ১৯৮৬

লূনা তৌজরিবা থোকচোম থৌরাওবা মৈতৈনা নৌনা শেদমহূনা শৈবেংবা, শৈরেং কুনগী লাইরিক মচা অসি পারে— 'পলেমগী পাউরোল'।

নহা ওইবিবা শৈবেংবগী চমজরিবা থম্মোইদগী তরু তরুনা হৌরকপা অচম্বা য়ান্নানা মপুঙ ওইনা য়াওবা শৈরেং ঙাক্লি। তাইবং লৌচংপু ইচম চম্না, মচু কয়াগী মিংশেল খাল্লুবা তৌদনা ইচম চম্বা মীৎকম্না য়েংলগা উরুবা অমদি ফাওরকপা রাখল খরহু ফোঙদোক্লিংনা ফোঙদোকই। শৈরেং খরদা মরৈবাক মজাতি অমদি মশাগী সংস্কৃতিবু পুক্চেল শেংনা লূনা তৌজবগী মওং অমা য়াওরি। পুকচেননবু শেংলবদি হয়েংগীদি লম্বেলগী লম্বেল ঙাক্লি; তুং তাবস্থ ওইসন্থ।

য়েংগনবা অমদি উগনবা, উগনবা অমদি উশিনগনবা, উশিনগনবা অমদি ফোঙদোককনবা শৈরেংবগী লৌচংনি। লৌচং অসিদা হঙ্গানদবা তাই। লূথনা অমদি পাকনা উবগীদি মীৎয়েং পাকথোরকপা অমদি পোৎলম মশীং হেনগলকপগী মখা পোল্লি। লাম্থোকপা .অমদি মশা ফাওবগী মতাংদা হোৎননীংবা অমদি হোৎনবগী তঙায়ফদবা অমদি লৈ। অনৌবা রাকম নত্তে। শৈরাংবা মৈতৈগী মশাদা হোৎননীংবা খঙনীংবা অমদি থিজিন-

নীংবগী মওং অমা য়াওরি। মওং অসিনা লমজ্রীংলবদি হেন্না লূম-লূম লাওবা অপাংবগী হকচাংদা ফোঙ ফোঙ ফাওহনবা ঙম্বা থুংই কয়া মথং মথং থোকহন্দুনা সাহিত্যগী সেবা ময়েক লানা তৌবা ঙমগনি হায়না থাজে থাজবসি মাঙদবা [illegible] ।

এলাংবম দীনমনি
এসোসিয়েট প্রোফেসর
মনিপুর ইয়ুনিভরসিটি

# "পরেংমগী পাউরোল পায়গা"

পম্বোগী পুক্নীং পরিংদা,
"পলেমগী পাউরোল" পাউতাক,
পনম্নং পনবাল পাংহ্না,
পরেং পুনা পাইরকপা,

থোয়াঙবগী থৌশীন থৌরাঙনা,
থম্মোইগী থৌরী থাহ্না,
থনম্নংদা থুপনা থিংলগা,
থোদাং থুনা থিরকপা;

শৈবেংগী শৈরোল শোকচরি!
শেংনা শুনা! শকচরি!
শোয়দনা শাংনা শোল্লনি!
শারোন্দা শুপ্না শীল্লনি!!

নীংনা নৌনা নিল্লনি!
নোম্না নোক্না নক্লনি!
নৌরো! নৌরিবা ননাৎনী!
নৌরো! নৌরিবা ননাৎনী!

নীংনা নৌনিবা নদীয়া।

## নিজবা

তাইবঙপানবু শেম্বীবা,
তাইবঙ কুম্মে য়েংলিবা,
থুরুমজঁরি মপুদা.
থুয়া থাগী ননাইনা।
পলেমগী পাউরোল পাউতাক
অয়োল অয়াল পুম্বগী,
লংজ চৈরাক পীবিম্নু,
অবাক অথং কনবীযু।
নিজরিয়ে মপুদা,
থম্মোয় তেংনা থাহুনা।

## নোঙবা.

য়ারেং শৈবেংগী ফিজোলনা.
পুক্নীং হকচাং লৈতেং ওইববা।
থৌদাং থৌরম কয়াদা,
কোর্লোয় মিংলেল লাংনরবা
মতিক ময়াইনা চোম্নবা;
ঈপা ঈপল অয়াম্বা!
মতিক চান্ত্রিবা ননাই ঐনা.

ঈয়াদা নাপী চীক্লুম্মা,
কয়খানোনবা ভাউবগুম,
কোংয়াং ব্রাশাং ভাবগুম !
মালেমদা খুবাক লৈভানা,
শাং শাং তানা নোনগুমনা
থ্বায় ভরাদা নোঙ্গবা,
ঙাকপিয়ুকো অশৈবশিংনা ।
চিংবিয়ুকো লুচিংবশিংনা,
থম্মোইগী থৌরিনা পুথীহুনা !
চাম্নরবা মরুপ মপাংশিং,
শামান লেংমান্নবশিং !
থৌজানগী মিংয়েং তাবিয়ু,
মুংশীগী থম্মোই থম্বীয়ু,
ব্রারেং শৈরেং লাংলিবিশিং,
পুন্সিগী লৈতেং খিন্নিবিশিং !
পঙলবা শৈলৈ লোম্বগী,
পুক্নিঙগী শৈরেং লাংজবদী ।
থৌজানবী হৈবা পুম্নমক্কী,
থম্মোইগী থবাল থিজবনী !
থৌজানগী মিংস্না থম্বীয়ু,
অরাল অহুই ঙাকপিয়ু !
শোজগ্রবা পুম্নমক্কী মফমদা,

পুক্লিং ঃরাখল শেংদোকচনা !
অমুকা নৌনা খুরুমজরি,
থাম্মোইগী থম্বাল কংচরি !

লোশিনবিরু হায়জনা
শৈরেং
"পলেমগী পাউরোল"

নোঙক্লিবা
থ্বায় ময়ামগী
থোকচোম থৌসাঙবা মৈতৈ ।

# শেগ্রগী মতেং পাংথবিরকপশিং

১। পাম্হোইবী ঈরাং থৌনিলুপ য়াংখৈ কৈথেল অশাংবী লুপ। ১১৫
২। „ „ „ কোংবা লাইশ্রম লৈকাই „ ১০০
৩। লাইশ্রম কোমোল মৈতৈ থঙ্গালখোং „ ১০০
৪। হরকা জয় থাপা মবুংবা „ ১০০
৫। শৌগাইজম ইবোয়াইমা মৈতৈ য়াইস্কুল „ ১০০
৬। চিংথম অকাবা মৈতৈ খুরাই সোইবম লৈকাই „ ১০০
৭। নিংথৌজম চিংলেন মৈতৈ „ „ „ „ ১০০
৮। থোকচোম অঙাংথোক মৈতৈ কোংবা „ ১০০
৯। য়েন্দ্রেম্বম মুলান „ লংথবাল „ ১০০
১০। ক্ষেত্রিময়ুম গম্ভীরসিং কোংবা „ ৫০
১১। হাউবিজম য়াইমা মৈতৈ বামোন কম্পু „ ৫০
১২। হাউবম থোইবা মৈতৈ বামোন লৈকাই „ ৫০
১৩। থিংবাইজম মনি মৈতৈ নোংমৈবুং „ ৫০
১৪। থিংবাইজম রনজিৎ মৈতৈ নোংমৈবুং „ ৫০
১৫। „ ইভোচা „ „ „ ৫০
১৬। „ বিরেন মৈতৈ নোংমৈবুং „ ৫০
১৭। „ শরত মৈতৈ নোংমৈবুং „ ৫০
১৮। শ্রীফুরাইলাংপম কালিমোহোন শর্ম্মা নিউ চেকোন „ ৫০
১৯। শ্রীঅরিবম নোরোত্তোন শর্ম্মা খোংমন „ ৫০

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২০। | ছুইক্রোম ইনাউচা মৈতৈ কোংবা | ,, | ৫০ |
| ২১। | ,, মংলেমজাও ,, ,, | ,, | ৫০ |
| ২২। | ওইনাম ধনেশ্বর মৈতৈ কোংপাল | লূঃ | ৪০ |
| ২৩। | ইরেংবম যন্ত্রমনি মৈতৈ বামোনকম্পু | ,, | ৪০ |
| ২৪। | থোকচোম জয়ন্তা মৈতৈ কোংবা | ,, | ৪০ |
| ২৫। | ,, লমদাই ভানবা ,, | ,, | ৪০ |
| ২৬। | মোইরাংথেম সোবিতা চনু নিংথেমপুখ্রি মপাল | লূঃ | ৫০ |
| ২৭। | ,, উমাপতি , ,, | ,, | ৫০ |
| ২৮। | হিজম গঙ্গা , ,, | ,, | ৫০ |
| ২৯। | ,, ধনেশ্বরি , ,, | ,, | ৫০ |
| ৩০। | অথোকপম অনিতাবী , ,, | ,, | ৫০ |
| ৩১। | মোইরাংথেম বালাশিনি , , | ,, | ৫০ |
| ৩২। | থিংবাইজম সনা লৈমা নোংমৈবুং | ,, | ৫০ |
| ৩৩। | থাংজম তোম্বী লৈমা নিংথেমপুখ্রি মপাল | ,, | ৫০ |



# য়াওফম তাকপা

## ঈমাগী ইবুংঙো

ঈমাগী ইবুংঙো হৌগৎলো !
নঙস্থু নথৌ .ঙৌররো !
মপুগী পাউবু লাক্লেদো !
হৌরো ! হৌরো ! ঈবুংঙো
নোংপোক চীঙ্খৈ পাংবদা
চীঙখৈ ফিহুপ হুনবদা,
মঙাং গুরু চকৱাইরে,
নোংপোক চীংদোন লোমলক্লে
ঈমাগী ইবুংঙো হৌগৎলো !
নঙস্থু নথৌ ঙৌররো !

লৈকোন্দা শাৎপা লৈৱাংদা,
খোইমু খোইরেল ইল্লেদা !
লাইরৈবাকী নীংথিবা,
য়েংবদা মীৎনা পেন্দবা,

মপুগী কুম্মৈ য়েংজরো !
অফ মুংঙাই থুংজরো !
ঈমাগী ইবুংঙো হৌগৎলো !
নঙস্থ নথৌ তৌররো !

লৈচিল নোংফাই থাংদবা
হাংলবা অতিয়া মকোয়দা,
সংবান্নবা মচুনা,
তাইবং মালং ঙাল্লিবা;
ননিঙ থুংনা য়েংজরো !
তাইবঙ কুম্মৈ য়াওজরো !
ঈমাগী ঈবুংঙো হৌগৎলো !
নঙস্থ নথৌ তৌররো !

মতমগী খোংলয় য়াওদসে,
কনাবুস্থ ঙাইবিদে;
হোৎনবগী মহৈ য়ালহলশী,
মোমোন নোঙ্গা হিংলমশী !
ইমাগী ইবুংঙো হৌগৎলো !
নঙস্থ নথৌ তৌররো !!

# নোংমগী থৌদাং

থুমনগী মতম লোইরক্লে !
মঙাংগী পুঙক্সম ওইরক্লে !
নোংপোক হারম পাংবদা !
চীঙথৈ ফিতুপ হুনবদা !
কাইরৈ য়েনখোং তমলক্লে !
কাকী পাউজেল চেল্লক্লে !
চরোয়না তেতু খোংলক্লে !
ইমুং শোরা তয়রক্লে !
তেনরা কৌবী চেক্লানা !
মালেম কোয়না পাইহনা !
তেৎ-তেৎ হায়না খোংলক্লে !
মালেম পুমনিল নিল্লক্লে !

পোকলেন পোক্কপা য়াকাইক্লে
তাইবঙ পুম্বা ভুঙইক্লে ।

মখুংসু শিম্বা মাঙদা থা!
পুক্নিং হুকচাং থম্মোয়না!
মপুগী লাইশোল শোম্লক্লে!
মথৌ মঙম পায়নরে!

পলেম মানবী ইমাশিংনা;
তরা চাকঙন চাহুনা,
কোক্তা লুথোং পুহুনা,
নমদা নমবো পোহুনা;
কৈগী থেলফম কৈথেলদা
শমু মমায় ওন্দুনা,
খোঙকাপ খোঙদোয় হুল্লক্লে!
খোয়রী কৈথেল পাংলক্লে!

হৈরি হৈয়াই হৈক্রু পুরি,
মুঙ্গে হৈজাং কমলা য়াওরি,
সনা কৈথেল য়োরগা,
ফমফম লাংদা ফমলগা,
কোক্কী পোংলুম পুথরে,
নমগী নম্বো থাংথরে!

আলু থামেন মঙ্গলশিং
মরোয় মপাং মনা মশিং

কাঙলুপ কাঙলুপ থাহনা,
মথেল মথেল থেলহনা,
মথায় লুপা শোন্দুনা,
তরেং শেঙ্গা তান্দুনা,
নোংমগী চরা তাঙ্গরি।
পুক্লিং হকচাং য়াউজরি।

অসোমদদী কমদৌরি!
পম্বৌশিংনা কৈদৌরি!
মথুংস্মু লাঙ্গোল লেংদা খোং
কাউরেল ষণপোৎ মাঙদা থা;
অয়ুক য়েন্দা মাঙদগী;
লমলেন লৌবুক পাংলকখি
অর তি-তি লাউহনা;
মথুংস্মু শিম্ফা পায়খিদা।

তাংলো মতম থেঙলক্লে!
লুরাং পুঙফম য়োরক্লে!
সমু ঈচীক তাল্লক্লে!
লৌবুক মীনিল লংলক্লে!
পম্বৌ মানবা ঈপাখোয়!
ময়ুম মোংবা মরানয়ায়!
য়ৌনা খোঙদোয়নরক্লে!

তরা চাকপু চান্নরে !
তৌরাং থক্তা ওন্দুনা !
হিদাকফু তোংজৈ থক্তুনা
চেপ্পা শাংনা য়াতারে !
হুংঙাইনা তুমখুল তানখরে !
পলেমশিংবু ঙাইনরি !
কৈথেল ওকপ চংকনী !!

মমোম লাংলেন চরৈহন
পলেম মাগী খোম্মদোন
মহুনিংথৌ পোহুনা
থবক ইনখাং নোমলিদা
অমম নারল চন্দুনা
ফুঙ্গা ময়বু হৌরিবা
মবেনবোক্কী মনাক্তা
মহুনিংথৌ পম্নগা
ময়বু তিল্পা ফম্নগা
মবেন ৱারী হুংঙাইবা
ফুঙ্গা ৱারী তাহুনা
খোয়রি কৈথেল পাংথিবা
পলেম মমা ঙাইরিদা !!
পলেম মমা ঙাইরিদা।

## চীংঙেল

নোংমা কোয়ো হুয়িত্তা,
নাউরা ওইনা ঐহাক্সা,
পলেমশিংগা লোয়ননা,
পম্বৌশিংগী তুংইন্না,
য়াইর খোঙকাপ থাংলুবা,
নোংপোক হারম পাংবগী,
নীংথীবা লমদম মপুগী,
মকাই ফমবু য়োক্নইদো !
য়াংল চীংজাও কাক্নইদো!

মফমত্তুগী ফজবা
লমদমত্তুগী নীংথীবা,
করম্নবু হায়শীবা
কমদোনবু তমশীবা ।

মপু মাগী য়াথংনা,
তাইবঙপানবু ওইদ্রিবা;
পোম্বী চেক্লা কয়ানা,
কাঙলূপ কাঙলূপ পাইছ্না
পুংবা পুংবা চাকতাবা,
মত্থদা ফংবা চীঙ্গাক্লা;
মচেৎ মচেৎ য়েন্ননা,
চিলোক্লনা চাহৌবা,
থম্মোয় মরাঙ হৌঈদা
হাউরমগদৌবোই নিঙতীদা !

ব্রাংলবা লোইবী চীংশাংদা
তত্তনা তাবা নোংলিক্লা
ঈরম নাইনা চেন্দুনা
লোকপু ওইনা চেল্লকপা
লেপ্পা লৈতনা চেল্লিদা
শুক্লবা লোকচাউ লোকম্নুংদা
নিংথিরবা খোঞ্জেলনা
চীংমায় পুম্বা নিল্লীদা
য়েংখিবা মায়কৈ খুদিংদা
ব্রাৎপা কৌবা লৈতেদা ।

ঙাং চাউর চীংজাওনী
চীংমায় মাপল লোঙবনী
উরুবা মায়কৈ পুম্বদা
পামেল পাম্বী ময়াম্মা
পরেং পরেং হৌরিদা
চীংমায় থন্না উরিদা !!

---

## কৈথেল লাইরেম্বী

অহিং ঈচিক হুল্লবা
তাংলৌ লৈনা থেঙলবা
মীরাউখোলবু তাত্রবা
ঙাংলেল পুঙফম অসিদা;
মনজুনবা চরৈ শেং,
সমু নাদা শীংঙেন থেং,
উচাল মৈরা চমত্থনা,

খুত্তা মৈরা পায়ত্না
তরঙ লাইজ শিন্থনা
মিৎস্না থম্বাল ঈহৌনা,
কোয়না কোয়না চংলিবা
করি থিরিবা ঈমানা ?

হাদা কৈথেল লাইরেম্বা !
পুকচেল তপ্পী নিঙথিবী !
ঈমাগী নচা পুম্বনা,
নপারি নমোম কয়ানা,
লানফম ময়ায় থোক্ত্না,
থবাই খুবাক্তা হাপ্ত্না,
য়েরুবা মায়রোঙ য়ারিবা,
অকনবা লাম্বা পারিবা,
হল্লক্করোই খনবরা ?
নোঙ্গাখিনি নিঙবরা ?

কৈথেল ময়েং তাগনি;
নচা মশিং ব্রাৎকনী;
পায়মা হুংদা খনবরা ?
হুংস্লুক হুংজানবরা
নপারি নমোম কৈদৌরোই;

লান্দা থৱায় থারকলোই;
পুক্লিংগী পরয় পুনবীয়ু!
মিকোন থাগোম্নবীয়ু!
হাদা কৈথেল লাইরেম্বী!
পলেম ঈমা নিঙথিবী!!

---

## সাহিত্য

ঙসি কৌরৌ মুগিত্তা,
কুমনৌসিগী থাশিদা,
চহি য়াম্খে শুগদোবা,
পিক্লা ফানা উরম্বা,
সাহিত্য কৌবী ঈমানা,
লাপ্না লৈরম্বা পলেম্না,
মপারি মমোম কয়াগা,
মশু ওইবা থিবিক্কা;

থোৱম থোদা থোকাওনা,
ঈমানা লাকপা উবদা,
মথৌ মশিল পাংত্রদি;
পলেম মাবু ওক্ত্রদি,
নাশোল পিক্লা থুপ্তুনা,
নমহুনা চেনগে খল্লম্বা,
সাহিত্য কৌবি ঈমানা।

মচা মগু কয়ানা,
অরাপ অনক খায়দনা,
ফুম নোম্বা পান্দমলাক,
লেপ্ত হুংশিং মতৌলাক
লাংজ থোৱম উবদা,
চেনবা ওমদ থোনানা,
মপারি পাওমেন্নজনিং,
মমোম মাইয়োক্নজনিং।

ইমানা চিংজবা লশিং লং
পলেমনা নাইজবা মুগা লং,
মহুপ কুপ্পা কনবা লং,
মচু ফনা হেনবা লং,
পাওবু তিংনা শাজবা,

ভেমবু য়ৈনা ফেনজবা;
ফিগে ফনেক থোল্লগা;
ফজনা ফিজিল ফেল্লবা;
অঙোবা ইন্নফি ইন্দুনা;
ফিজিনা কোকখুম খুমলগা.
মুনা হেনবি অমু লৈ,
চেক্লা কোলোয় মিঙৌ লৈ,
ঙৌনা থোৎপি লৈপাক লৈ,
কালেন মৈশা ঙম্বি লৈ;
নাপ্প অনিদা চিন্দুনা,
তুংলম শম্বুন্দা থেৎতুনা,
মপারি উরনি থনবগুম,
মমোম পম্লনি নিঙবগুম,
নোকফেৎ তৌবা মাইথোংগা,
লোয়নতুনা পলেমনা;
খোঙথাঙ কায়দ থাংলক্লে;
মচাগী মকাই তমলক্লে।

তেম্না কানবা খোঙকাপনা,
তপ্না লেম্না ফুক্কুনা,
পলেম মানা লাকপদা,

তাইবং মপোক ওইরিবা,
মীথোই মীরক তিল্লিবা,
পলেম পন্থো মাল্লবা,
মপারি মমোম কয়ানা,
ৱাখল লৌশিং থোনানা,
খনজ শেমজ ইজবা;
শৈরেং শৈওং শৈদানা
পুক্কিগু হরাও তুজুংনা;
লৈশি লৈথোল য়াৱানা;
থোংনা মেঙবা খোঙ্গেলদা,
কবি কোলোয় মিঙ্গৌনা,
সম্মেলনবু তৌহ্না,
পলেম মাবু ওক্লিদা;
ইকাই খুম্না উৎলিদা;

অস্নুক নতিক লৈরবা,
ঈমা নঙনা লাকপদা,
নপারি ওইবা ঐহাকস্নু,
শাম্বা পাঙ্গল শোল্লস্নু,
ইতিক ইপা নত্রস্নু,
ওক্লীংবনা পলেমবু;

পম্বো তুঙ্গোই থোইরা,
রাখল লৌশিং লৈরাংনা,
পুক্নিং লৈরাংজহ্না,
সাহিত্য শৈরেং পাজনা,
থোগল মথেল লাংজরি;
নতিক নয়াই শোঙ্গরি!
অশোয় পুম্বা ঙাকপিয়ু,
অরান খিবিক ফনবিয়ু,
সাহিত্য কৌবি ঈমাও!
নতিক লৈবি পলেমও।

---

## নিঙ তমহনরো

থোরক্লো! লাক্লো! কঙলৈচা!
মৈতৈগী থৌনা ফবশা!
লানফম ময়াই লেপ্নু‌না,

থল্লায় থাবা কিদনা;
নথুংতা খুংলাই পাইররো !
য়োংকী মী ওইররো ।

থাওথিন চুম্না থিন্দুনা,
থাওহায় কায়দনা হায়হুনা,
য়েন্দেম থরাম শোইবগুম,
মাউবী পোঙশঙ য়ানবগুম,
মতুপ মতুপ শোইহুনা
তাংকক তাংকক নাইহননা
থবং থবং কক্লরো !
অকনবা লাম্বা পাররো ।

করিগী লৈরি নিঙঙায়দা ?
মতম অসি ফাওবদা,
য়াঙবা য়াহিপ য়াতানা,
খোম্লেন তুমথুল তান্দুনা ।

নিকহল্লো ! নিঙথায়হল্লো ! কিহল্লো !
খোরক্লো ! লাক্লো থুদেকলো !
চায়না খোংজেল হাননা;
শমু ঈমায় লৈনদা,

রাশক্লসি কওলৈচা
খুংস্নু থাওলেন চীকতুনা !

পাইহল্লসি নিংতম ফিরাল
নোংদোন খেৎনা মালংদা !
মালেম ঈমাগী ভম্পাক্তা;
খওহল্লসি জাতী পুম্বা,
মায়কৈ শলাই খুদিঙদা,
কংলৈচাগী ঈথৌনা।

য়েক্ল লাঙ্গোয় চল্লম্বা;
লামবা পাসী ঐখোয়গা !
পোকখিবদাই লয়পাকসিদা,
নোংশাগুল্লা পাঙ্গনবা;
লৈরম্বদাই মাঙসমচত্তা,
মীখা পোনবা হৈতনা
থৌনা ফবা লীশিং কয়া।

কাওরবরা নখোয় ?
থাওলেল খুংস্নু চেৎনা পায়,
রাশক পরিং চেৎনা তাই,
নোংঙদোল খুৎশিঙনতুনা

ঈপুশিংনা লাউরম্বা,
তাও ! তাও ! পারিশা।
লৌশিং শিংবা ঈগুশা !
হুমীৎনা নোংপোক থোক্লিভৈ,
অহিং হুংথিল খায়রিভৈ;
য়েক্ল লাঙ্গোয় চনফদে !
গীখা পোন্না হীংফদে !
মতম অহু য়ৌরেদো !
ঈপুগী য়ায়েল ঙাকলরো !
থোরক্লো ! লাক্লো ! কণ্ডৌলৈচা !
মৈতৈগী থৌনা ফবশা !!

---

## মখুম্নাদা চঙজবা

হয়া হে নরা শৈদমবা
রাকমা লোনবা নচানা,
রাঙখৈ লাম্না শৈদমদা,
খুরায় লাম্না শৈশক্তা,
শিনতাক শিললম শীনবীবা
পম্মৌ য়ারা থৌকাইদা,
ঙসি কোইরৌ নোংলেন্দা
হঙ্গেল তাংখক নাইহুন্দা
লিরৌ কিশি তংহলদা,
খোইজু লৈখাম থারগা,
ঈরম তরেৎকী লাইজগা
লোয়না লোয়না থেল্লগা,
পুকচেল তিংনা নোল্লগা
পলেম মকাই চঙলগা,
থম্মোইহুংগী য়ারাসে,

থাকপা লৈজনা কোওললগ
পলেম মাগা লোয়ননা;
ঈচিল ঈনাউ থুদিওদা !

কুমস্না কুমওই তিনবা কুম,
পলেমনা মমোম ফুইবা কুম,
লাংলেন কোংয়াঙ মপুমগুম,
থমানা লাকোল শাবা কুম,
থাংজিংনা কেবাক থোকপা কুম,
মপুঙ ফানা শাবা কুম,
কুমজা কয়া হৌথরে !
কুমওন কয়া চৎখ্রে !
ঈমাগী লৈরাং নাচোমসে !
নিংথীবা শিংঙেল লৈরাংসে !
মান্ননা লিঙজেল ঐখোয়না,
য়েন্দাই থলনা হাপ্তুনা
লৈজবা পিগী ঈরাগা,
লোয়নতুনা কৎলগা,
তেল্লবা মতমগী মন্নুংদা
তোংদমলবী কনাগী
গুক্তা শিবা লিকফাংগী।
অমত্তা থাম্বা হিয়াইনী

লেম্নহুনা খঙহনসী

[illegible]

মীন্না মৈশা লাংদবী;
লৈমরেল লকংগী লুচিঙবী;
মোমন্নু লাইবক থীরবী
লাইরবী ঈমানী;
পুকচেল তপ্পী পলেমনি।

শেগায়বা চরৈ নমদ থোং;
পোৎলুম লুথোং কোক্কা থেং;
শেগাক তাবা চরৈনা,
ফিরাক থুংনা তাইরগা,
থুংদ নমদ শেংলিবী
লাইরবীদী পলেমনী।

ন্নানা খাঙনা পোম্নকপী
মৈশা লক্কা শাৎচবী,
ঈকং থাগী পান্দমনী;
থাউবু কংলবা থাউমৈনী;
ন্নানা লেনবী পলেমনী।

মপারী মমোম খুদিঙনা
পলেম্ মাবু থৈদোক্না,

থেকনা কোইনা চংপনা,
শাংলবা ঈমাগী পুন্সীদা,
মচাগী ব্লাখলদা খনবদা,
চোকথরবা মশাসে;
মগুম শানবা মগুমগ্রে;

মপারি ঐখোয় চাউরক্লে;
মমোম শারেপ ফারক্লে;
কূমজা কয়া হৌখিবা
লাংহৈ মশিং য়ামখিবা,
ব্লানা লেনবা পলেমনা
কুমগী কুমগুন লাকপদা,
পলেমগী চরৈ খোংদাইসে
ব্লায়েল কাটিনা চপ্লসে।

মপারি মমোম গাইবদা,
চাদে থক্তে খগুহন্দা,
ব্লাজরবী পলেম্নী;
চোকথরবী ঈমানী!
ঈমানা পামজবী শিংডেল কয়া
পলেম্না খোয়দাজবী তাউজিং কয়া

লাংলশে পলেম মকাইদা!
পরেং মপৈ থেন্দুনা,

লৎনবিরোই ঈমানা;
খুদোল পোৎশিং মচাগী
পুকচেল তপ্পী পলেম্মী;
শাইওল চাওবী ঈমানী।

চয়োল তরেৎনা থৌগনবী
তুরেন্না খ্বাঙচেৎ শেৎলিবী
লোক্তাক্লা মিংশেল ওইরিবী,
ঈরিক্লা কোঙ্গোল থিল্লীবী;
তখেল্লে চিগোংলৈ শেত্র্ কলৈ;
লৈরাং লৈশং খেকল্লায়লৈ
লৈরাং লৈপোপ কায়দলৈ
তাউবা হুইমৈ মানবা লৈ;
সমু নাদা থেৎনলৈ;
লাইনিংথৌনা পাম্বা লৈ;
কেতুকী কৌবী লৈন্নুংশী;
লৈরাং লৈনম মাওদবী
লৈরাং কয়াগা লোয়নবী;
নিংথীরবী ঈমানী।

পলেম ঈমা নীংথীবী,
লাইরবী নগুগী নচানা
তাইবঙ মঙফাও ঙমদনা
নচানা মীচা শারুবা
পেল্লিরোইদা পলেমনা !
পেল্লিরোইদা পলেমনা !

ঙসি কোইরৌ সুম্নিংতি
ঈরাং থৌনি তৌজরি;
খাম্বী মৈরা ওকচরী:
খোইজু লৈখাম থাজরি,
অয়োল অরাল ঙাকপীয়ু !
লঙজ খিবিক কোকপীয়ু ।
য়াইবী ঈশৌ লাংবীনু !
কাম্বী মৈশা কাঙবীনু ।
কুমওল লঙদাই লাকপদা:
কাইনা মৈশা লাংঙুবা,
পঙলবা নচা ঐখোয়না,
পলেম শক্তম উবদা,
মালহৌনরে থম্মোইদা ।

হরাউ মথোই কাজরে;
পুক্লিং য়েন্নীং হুলজরে;

নোংদোল থক্তা পাইরম্বা
রাখল লৌশিং কুপলম্বা,
অমুবা লৈচিল মপৈদো
মায়কৈ খুদিঙ শনবদো
মতমগী মালঙনা পুক্রে!
মায়কৈ খঙদনা হুমখরে!
হো ঈমা পুক্তপী!
মীচঙ শঙগন নাইদবী!
পম্মো ঈপা শোরারেল!
মোংবা হনবা উমঙলেল।
মফম হোংদ লৈরিঙৈ;
শকফম কায়দা লেপলিঙৈ,
নপারি লীশিং কয়ানা,
নমোম লাখা খুদিঙনা,
অনৌবা কুমজা কুমওনগী;
ফুমগী লাকয়েন তাইবগী,
কুমওন কুমনৌ লাকপদা,
ঈরাং থৌনি তৌজবা;
কুমজা খুদিঙ কায়দবা,
নিঙ্গরিয়ে নচানা;
ঈমা নঙগী নকাইদা,
ঈমা নঙগী নকাইদা!!

## ঙাইখিশি

ঙাইখো ঙাইখো শাথৌশা
লেংমান্নবা মরুপশা;
তহা তহা তৌখিনু,
ঙাইঙমদনা চংখিনু ।

মতমগী খোঙচৈনা পুরকপা;
মপুগী রায়েল অকনবা,
লেপ্পা লৈতনা লাকখিনি,
পন্দোল লোয়া য়ৌরক্কি !

পায়মা উনবী পীবুক্কা,
নিংঙমদনা মুংঙননা,
করিগী তয়াং তশোয়রি ?
থম্মোই মথিল নাইরুরি ?

চীঙঙু খোয়ুম শিদবা,
লাইয়েক লাইখোং রেকপনা.

তমজবদি লাইরক্লা,
হোৎনতুনা পোথাদা
তাদুতুনা লেপ্লনা,
ফংবা কৌবা য়ৈরোই।
ঐগী ওইগে ময়ারোই।

অতুগনে পাথৌশা!
মতমতুনা য়ৌরবা
মপুগী থৌদা লাক্লবা,
খাঙবা কৌবা য়াররোই
পন্দুনা লেপ্পা লৈররোই
শেংনা শেংনা ময়েকলা
ফুরুপ ফুরুপ নাইতুনা
ঐগী নঙগী মহাকী
তোখায় তোখায় তারনি।
মায়কৈ শালাই খুদিংদা
মকম খুদিং শন্দুনা,
ফুগায়ননা শাৎলনি
মশেক মঙাল ফাওরনি,
অনৈবনা মতাইদা;
অরুবনা ময়ায়দা,
পথাপ চুমা চৎলনি।

পুকচেল ভপ্পী পলেমগী
খোয়জেল চুম্বী ঈমাগী,
য়াথং পাউভাক মইনশি
ন্নারক কনবা পন্থোগী
পাম্বে পাউরো মরোশি।
কোইরো নোংমা শোয়ফদা
মপুগী ন্নায়েল অচুম্বা,
চীঙঙ্ থোদা অহকপা
য়োরকখিনি শোয়দনা!!

---

## নদিয়াদা শৈখাবা

মৈতৈ পোইরৈ লমদমদা,
লমলেল শগোলবন্দ মায়কৈদা,
শয়াঙ পুখ্রী মপালদা;
পুখ্রীগী মথা থংবদা;

য়ুমজাও লাইখল তাহ্লনা,
শারিবা শঙলেনগী ক্মেলদা;
তৌরাং ফক্তা ফমহ্লনা,
খোজৈ মাঙদা থাহ্লনা
খুত্তা খুদোং পায়হ্লনা।

য়ুমজাউগীদি মমাংদা;
অঙোৎ পাম্বী মরুমদা,
ঈংনা চীক্লা ফমহ্লনা;
লৌশিংগী ললগৈ হাংলগা,
পাইরকী চোয়রোল শৈরাংনা;
পলেমগী পুক্লিং য়াকাইরোল,
হক্লোল শৈরোল নোঙৌরোল,
শৈরেং কয়াগা শৈয়োরননা,
তোপ্পা তোমথিন ঙাল্লিবা,
মৈতৈগীদি শৈরাংবা।

কোলোয় পনশী পনঙমদা,
লৈজরক্লি ঐহাক্লা,
ঙসি কোইরৌ মুমিত্তা,
পুক্লিং হকচাং থরায়না
পনজরগেকো অশৈবা!
নদিয়া! নদিয়া! শয়াঙগী নদিয়া!

[illegible],
নব্বা ওইনা ঐহাক্না,
য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লুবা,
অশৈবা মাবু উরগা,
খুরুম লৈপায়জবদা,
হরাউ হরাউ ওকপিবা,
তরাম তরাম তৌবীবা,
কয়াগী মতিক নুংঙাইবা,
কয়াগী মতিক হরাউজবা;
করম্নবু তমশিবা,
করিবু হায়না ফোঙশিবা!

পম্বোগী ইখোল মতোন্দা,
মাউবী ব্বাতোল তোনাম্বা,
ইঙখোল মতোল খোইজোম্না
মুনা শংনা হৌহৌবা;
মীংনা য়েংবদা ফজেদা,
কোয়না উবদা পেল্লীদা।

ইঙখোলগী চীঙথৈ পাংবদা,
লাইজথেল পুখ্রী মপালদা,
হৌরিবা হৈক্রে পাম্বীদা,

মতোল লোমনা য়োমহুনা,
শীংঙেল কাকলৈ লৈরাংনা,
ফুগায় ফুগায়না শাৎতুনা,
চয়োং চয়োং য়ানবদা
নোঙ্গা নোঙ্গা লৈরাংবা
করি হায়না তমশীগে !
করম তৌনা ফোঙশীগে !

ফজবগী ফজবা,
নীংথিবগী নীংথিবা,
লমলেল লমদম শয়াঙদা,
শয়াঙ পুখ্রী মপান্দা
শৈরেং কয়া লেংহুনা !
হিংলি ঙসি নদিয়া !
হিংলি ঙসি নদিয়া !!

## চৈরাওবা

মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না,
মপু মাগী থুংশেন্না,
কুমজা কুমওন ওন্নবা;
থাজ কয়া হৌখ্রবা;
থানিল থাশি ওইখ্রবা,
লমতা থানা লোইখ্রবা,
শজিবু থানা হৌবদা,
লাক্লে ঙসি চৈরাওবা;
মৈতৈগী চহি অহৌবা।

মতম কুইনা থুগ্গুনা,
নাশোল পিক্না লোৎতুনা,
তাইবং থব্রাই খিবিক্তা,
তাৎ তৌনা তানোৎনা,
থাজ কয়া লোংলুবা,
মতম কয়াগী কায়নদা;

লাক্লে ঙসি নৌহৌনা,
মৈতৈগী চহি অহৌবা।

অহানবা চহি অরিবা,
লাপ্পা থাপ্পা থনম্না,
থেক্লা খোয়না কোয়হনা;
অরিবা কুমওন খাদা থা,
অনৌবা কুমজা থক্তা কা,
অরুবা ফিজেৎ লৈতেংগা,
শিঙেল কয়াগা লোয়ননা,
উরিরৈ কোম্বিরৈ কুশুমলৈ,
লৈরি লৈরাং চবুললৈ,
থেংলহনা নাপ্লদা,
হরাও মোমোন মিনোক্লা,
অনৌবা হেকমায় কারেদা!

কোইরৌ মুম্বিৎ অসিদা,
মৈতৈ সনা লৈপাক্তা,
থাজ লৈকাই খুদিংদা,
নমু য়ুমথোং কাংদনা
ময়ুম মোংবা মরানদ,
শম্বোং কাজাও য়ারিবা,

তাইবং পানবা মপুদা,
লোয়নরগা মাংশোক্তা;
ফম্বাল লাংবি ঈমাদা ।

গুমজ হৈরাং লৈরাংনা,
চাবি চানৌ য়েলমগা,
মেনতে মেনতোং কতাংদা,
নুংকাই চীংদা পানবা লা,
পোইরৈ তোলনা খুঁম্ব লা,
পোইনাউ তানা খুনফঙ লা,
চীঙ্ লাইগী থোদা লা,
মায়কৈ শলাই রাংত লা;
মরিং পামদা হোবা লা,
কবুই কোন্দা মংবা লা,
চীংয়া তময়া ফংবা লা,
চংবি লারাক পাকপা লা ;

লংমাই শেংপ্রা লাথক্তা,
হৈরাং পুঙ্গ শেমহুনা,
লৈরাং পুংবু থেন্দুনা,
অঙোবা চেংবু ফাহাপ্পা,
পুথাং কোন্না চংলম্বা,

পথাং কোক্লা শোল্লম্বা,
চীঙ্ কোলোয় নিংথিবা,
অমাই লাইরোল শোন্দুনা;
য়াইফ থৌজাল নিহ্নুনা।
তরা চাকপু থোংলগা।

লমজাও লমহাং থোক্লফম,
ময়ুম মরাল চঙনফম,
হোজও বাংমা কোম্থোংদা,
মালেম লৈপাক লৈথোম্না,
অফং শিঙেল মরমগা,
কোয়না থাবা পলোল লাক,
মংনা হৌবা পাল্লেল লাক,
ফজ মওং শেম্লগা,
তরা মথেল থাহ্নুনা
অরিবা কুমজা কুমথায়না,
অনৌবা কুমওল কুমওক্লা,
কুমবু লাকএল তাইরেদা,
মাইকৈ পুম্বা নিল্লেদা;
লাক্লে লাক্লে চৈরাওবা,
মৈতৈগী চহি অহৌবা।

কুমজাশিগী কুমন্থুংদা,
শমু মাইপাক ফংহুনা,
য়াইফ মহৈ য়ান্দুনা;
অথোই অহেন ওইনবা,
লোইবি চিংজাও তম্লিদা,
চৈরাওচিংবু কারিদা,
পারম পুরম ঙাক্লিদা,
মৈতৈ শকুম উংলিদা!

শজিবু লিখুন তৌদনবা,
মীরেল পাবোৎ লোন্দনবা,
লৈপাক মাইবা খরাইভাং,
নিংথৌ মাইবা চিরাই তাং,
লৈন্থুং থরো অশৈবা,
খাবি লাইনাও তাবিগা,
চীঙ্ থৌরম তৌরগা,
শজিবু লৈথোঙ হাংলরে,
কোয়ংবা লৈথোঙ ফাংলরে,
থুদম চাংদম য়েংলরে,
লৈপাক হুপা খঙনরে।

অনৌবা চহি অহোবা,
খোঙথাং কায়দা লাকপদা

নমু মীওই পুম্বনা,
হৌগ্লবা পুন্সি কাওগুম্না,
পুন্সি ইনোং লাকপদা,
তলা পামেল ময়ামস্ু,
মাউবী কোঙয়াং ব্বাশিংস্থ,
অশিং থাগী পেল্লবা,
নাকেল থাগী অব্বাবা;
খঙপ্রেক খঙনা কাউগুম্না.
নৌনা য়েনিং হুল্লেদা;

মশা মরেং ফন্দুনা,
মনা পুঙনা : লগু না.
নোংমা তুনি খন্দুনা;
মতিং ফুদোক্না হৌরেদা !

অরি অনৌ অনিগী
শোয়বা নৈত লাকপগী,
কুম্মৈ ফিহোং শোয়ননা
হিংলি ঙসি মীওইবা !
হিংলি ঙসি মীওইবা !!

---

# পলেম পাউরোল

পোকপদি পোক্লরে ঐখোয়না
মীওইবগী মপোক্তা
তাইবং লৈকোলমুংশিদা
মালেম ঈমাগী তম্পাক্তা।

পলেম ঈমানা শেনবিরে,
মালেম ঈমাগীনা য়োকপীরে।
পলেম ঈমা পোকমাবী,
লোথুপ লোকোই লৈতবী;
মিচং শঙ্গন নাইদনা
অচান মিল্লায় থমদনা
মপারি মমোম থুদিংদা,
মরোল ঈরোল তম্বীনা,
লাইশোল তিনশোল তাকপিরে
পলেম ঈমানা থোজারে।

রাংডা কোইরৌ লুম্মী খঙজরে !
উজরে মালেম !
ঈপু কোলোই তাজরে !
পম্বৌ চেংলৌ উজরে !
অসি মতুং তাবদি ।

পলেম ঈমা পুকক্ষবী,
চীনকোই মপাউ মেল্লকঙ্গ !
মশারি মমোম কৌরকই !

পারি ইমোম পাঙ্গনবশা !
লোইত্রিঙৈ তাইবঙ পুন্সিনা,
মীৎয়েং নায়েং চুম্না য়েং,
শোইনাইদনা পরেং লেং,
পথুপ লৈনেম পক্তসা
লিচৎ চুম্না চৎলূদা !

মীওইবগী মপোকক্ষং,
তাইবঙ পুন্সি লমদাং শাং,
ম্বংশি ম্বুংওল পনথিং লাং;
তালোই শানৌ খুরৌলাং,
পারি ইমোম মৈশালাং,

মরুপ মপাং থিনগাই লাং;
তরেৎ শেপ্পা মিহৌ লাং,
পুক্লিং ললত্তান পেন্দ লাং,
অশাউ খাম্বী য়েক্লা লাং,
চিরোল য়াব্রা নাপল লাং,
শামু মঙলম শোথালাং,
তুংলম তিমেল তাপা লাং,
লাংগী লাংলোল কয়ানা,
পলোন নাইনা কোয়ত্নুনা,
লৈরিবা তাইবঙ মপোক্সী!
য়াথংনি পলেম ঈমাগী!

মপারি মমোম খুদিঙনা;
লাংগী লাংলোন কয়ার্দা,
লাংখোঙ খায়না লীরগা
লাংগাই চুম্না কাইত্নুনা
সুমিৎকুম্না মশোং চাউ;
সুংশিৎকুম্না শঙ্গমচাউ,
থাবাগুম্না ময়েকলা;
থোরক্লে তাইবঙ ফমপাক্তা,
মালেম অঙান তাইবঙদা।

ছিংখিগত্রা ঐখোয়না ?
ঈশাগীতা খন্দুনা,
নাইতোম তানা ঐখোয়না,
ঈথনতগী ঈরোমদোম,
নথনতগী ৶রোমদোম।

নত্তে মহু ওইথোকপা
পোক্লবদি মীওইনা,
অঙম্বা থৌদাং য়ান্নবা,
মায়পুননা হোৎননী !
লাক্লবদী শীংনবা
করিগীদ কাগবা !

লাহজ ঈশেং ঈরুনা,
খক্কুনা চাউখিবা পামেলগুম,
ঈরিক্লা ওইখিবা ইপাককুম
পন্থৌ ঈপাগী য়াথংদা,
পলেম ঈমানা য়াবীনা,
ওইরকপা তাইবক মপোক্লি !
তানা ফংজরকপনি !
অসুক তাংনা ফংলবা,
পোকঙমদবা তাইবঙদা

পোকথোক্লনা পোকপদা,
কন্নিগী তয়াং তশোইবা !

পলেমগী লম্মল শীংঙমদা,
পঙ্খোগী নীংবা থুংহন্দ',
খাঙও থক্লা কেমফরোই
থোদাং য়াদনা হনফরোই !
নঙনা ঙম্বা শরুক্তা,
য়ারম্ম থোদাং অকনবা,
পলেম ঈমাগী পেন্নবা !
পোকপগী মহে য়াম্নবা !!

---

## শাফোঙলে

ফোঙলে ফোঙলে শাফোঙলে
মতম ওইহনা থোরক্লে,
ঈপা ঈপু কয়ানা,
থৌনাফবা শিংহনা

তুংলমচৎকী য়ারিবু
থোক্কদবা থৌরমবু
পথাপ চুন্না থাহনা,
থোরক্কে থুক্তা পায়হনা
লাইরিক ওইনা লেংহনা,
থম্মীরম্বা পৈহনা।

পুনা য়ানা থম্নবা
তাবু থননা থম্নবা
পুয়া কোলোই মীঙ্গোবা
য়েক্লবগী শারংনা।
উপসিন্দুনা থমলুবা,
মতমগী খোঙলৈ শুবনা
শারং মখোঙ চাথংলে;
মায়কৈ পুম্বা তংলক্লে;
পুয়া পুম্বা লানথোক্লে!
কাঙবু কাঙবু পানরে।

লোইমোম ফৌরু অমনা,
মালেম থক্তা থারগা,
চরোং চরোং য়ানবগুম;
শীন্না থুংনা উবগুম,

পুয়ানা তারুবা মক্কমশিং
মিক্কপ থোক্লে মৈতৈশিং
মাইকৈ শালাই থুদিগুদা,
উরুবা মক্কম অমদা,
মৈতৈগী মুমীৎ থোরক্লে !
য়ৌঙময়াই মশোং কাংলক্লে ।

থিংবা ওমলোই কনানস্থ
খাম্বা ওমলোই মহাকপু,
মপু মাগী থোদানী
চীওঙ্ মাগী থৌশিন্নী
ঈপুশিংনা ইরম্বা
শোয়ক্কদবা ৱানীদ্রা !!

---

# হৌরকলোন

চীংঙ্না য়েম্লৌ খোঙদাফম,
অরাং লাইনা পাংবা লম;
তাইবঙ নম্ মী উতোং
তোংকোল য়াইনম চীং
অপক কায়বা চাং
মহৈ য়াইলাং চাং
রাংল চাউরবা চীংদগী,
চীংঙ্ মকাই ফমদগী,
তাইবঙ পানবা মপুন্না,
সনাগী শাজৈ সুবনা,
তাইবঙ কুম্মৈ শান্নগে,
পায়মা সুংদা নিঙলক্লে ?

নোংচেং ঈদি মরূদা,
মপী মপা নাইদনা,

চীংগু খোইয়ুম শিদবা,
নোংদল্লা কৌবা মপনা
মদোম শাকোঙবিরক্নে!
মপুনা লাংওনবিরক্নে!

শিমরি উমঙ মুঙঙাইবা;
লুপা চুদানবদা,
থৌশঙ থাঙজনবী ঈমান্না,
সনাগা লীফক থাঙম্বা,
তিঙ্গোই পোপতেক মরক্তা,
ঈংনা চীক্না ঙান্থোইনা,
খোঙপ্রাই কারোং থাহনা
ফমফম লাংদা ফমলগা,
মপ্নারি লাংলেন অনিদা,
কোলোয় মিংছল তমহনা
চাংঙনা পাউকৌরুকইদা!

পারী ঈবুংঙো য়াপীহল!
লাংলেল কোন্দে তুকথতোল!
পারী নচীন ননাউনা;
পম্থো য়াবা পাউজেলদা,
পায়মা মুংদা খোয়জঙনা,

সমু নাদা হুল্লবা
[illegible]
সমু মাঙদা লেপ্পরো !
পনথোনা য়াব্রা পাউমেনগে !
ঈচাগী কুম্মৈ য়েংলগে !

অসি মতুং তাবদা,
তাইবঙ পানবা মপুনা,
চিঙ্গোয় মপাউ মেল্লক্লে !
শিদ য়াথং পীরক্লে !
তাইবঙ কুম্মৈ ওইনবা,
কুম্মৈ মপুং ফানবা,
পাল্লি লাংলেল আনিনা,
শকওঙ কয়াগা লোয়ননা;
নমু মীবু শারক্লো !
নশিন শিম্থা পাঙলূরো !

শানৌ মচিল মনাউনা,
পস্থৌ পাউখোল তুংইম্মা,
নমু তাইবঙনী হায়ন্থুনা,
শক্তম অমা শারক্লে !
পনথৌ মাঙদা থমলদে !

মপন পনথৌ মপানা,
য়োংগী মশানী হায়দুনা,
য়োং হায়মা কৌথরে!
উরক য়ারক্তা লৈথরে!
উহৈ য়াহৈ চাথরে
য়োংলম তরেৎ পোকথরে
শাগৈ শলাই শনখরে!
য়োংলম তরেৎকী শাগৈদী,
মথোয়গী কোলোয় মমাঁংদী,
য়োংমু য়োংশেন নোক,
পাইথু খুপিং খুপাই,
পাইপঙ কোলোয়নখিয়ে!

অমুকসু হন্না শারক্লে,
পনথোনা অমুক শাক্খরে,
তাইবঙ ওইবা য়াখিদ্রে!
পনথোনা কোলোয় মীংহুলখি.
হংঙোই হায়না খঙনখি।
পনথোগী শাউতাক তুংইন্না,
লিরি খোঞ্জেল শৈশক্না,
লৈকু শৈদম ওইদুনা,
কুমহৌ কুমথায়নবদা

মথৌ মঙম ওইনখি,
মসিনু তরেৎ শন্দোকখী !

অরেংতগী কোরাইদী

শেম্পাক তাংশাং পোরোবী,
শোংয়া য়াঙোই ঙাহংঙোই,
ঙাচক হংঙোই কৌখিয়ে,
শিনবা থুংনা লৈখিয়ে !

মপারী শানৌ অনিগী,
উনবী পুক্লিং খঙলক্লী
পঙ্খৌনা অমুক পাউতক্লে,
মপারী অনিদা হায়রক্লে;
ঈপাগী ইমী য়েংহুনা,
নমু তাইবঙ মশাউদা।

পনথৌগী পাউতাক তুংইন্না,
খঙদ্রি উদ্রি হৌনশা,
মমি পাদম লাক্কুনা,
নমু তাইবঙ শাবদা
তাইবঙ মওং লেপ্পদা !
মপু নিঙবা থুংখরে

চিংঙ্ ময়াম পাউজেল্লে,
ঈপুথৌ থাংজিং কোইরেল্লাই,
মোইরাং থাংজিং পুরিকলাই,
পাম্বা কৈরেল ফৈনা তোং,
খেকল্লায়বা লৈশং থাওল্লেং
থুনা য়াংনা চেল্লক্লে;
তাইবঙ নাক্তা খুংলরে!

হুরাও মপুঙ ফাবনা;
নুংঙাই মথৈ ফংবদা,
কোলোই মিংহুল তম্বীখি!
পিয়া হায়না কৌবিখি!
য়ারা অসি তাবদা,
কৌব্রু চাংগী চাংদোলদা,
শঙ্গাই কম্বাল মথক্তা,
মনাই মশল কয়ানা,
থৌগল লাংগল রাস্তনা,
কাওহাই হুমাই হুমহুনা,
থৌগললিবা কৌক্রনা,
থাওহুনা লৈবা লৈঙমদা,
রায়র খোঙকাপ থাংলকখী!

তাইবঙ নমু চিংনা য়েং,
হৱাও পুঙদোই মপুঙলাং
মমিং অমা পীনখি,
পোং হায়না থোনবীখি।
কাংলম অসি লৈবনা,
তুংলমচংকী মীরোন্দা
মী-পোং হায়না খঙনখি।

মপুনা পোল্ল হোয় য়ারে
তাইবঙ শিনতাক শিন্দমগে
পাইমা মুংদা নীংহুনা
মঙাং কুরু শিদবা,
চিংঙু মৈবীরেল মৈরাবা
লুৱাং কুরু পুন্সিবা
থূমন কুরু অথোবা
কুরু অহুমদা শিন্নৈদা।

কুরু শংনা লোমনাইদা,
শিললোন শিনজিন তৌহুনা
চেৎনা চান্না লাংগোলখি,
চিংঙু লাইয়াম খৈবিক্লী
মহনফমদা হন্নখি!
মতে ফমদা তেনখি!
মালেমদা তাইবঙ হৌরকখি
মালেমদা তাইবক হৌরকখি!!

# তাল্পবা

হাদা খোইয়ুম লাইনিঙথৌ !
চিংঙ্ ঈবুংঙো ঈপুথৌ !
মপা খঙবা পাখঙবা !
মপু খঙবা পুথিবা !

নচী য়েৎলোম থংবদা ,
সনাগী লোঙখুম হুক্লিবা !
নচী ওইরোম থংবদা
লুপানা লোংখুম হুক্লিবা ।

তুবী তুখোঙ খুদিঙদা
সনানা কোঙ্গোল খিল্লবা !
নয়া য়াখোঙ খুদিংদা
সনানা হাজঙ য়ৈরিবা !

নমৈবু নয়ানা চীক্ন্না,
কুরুগী ফালখোং কোল্লিবা !

নতীক চাউবা লাইনিঙথৌ !
নঙাল হকপা ঈপুথৌ !

নহাল কোইরৌ নোংমদা,
তাইবঙ মপু পম্বৌনা,
নশাবী ঈবুংঙো অসিবা,
চিংঙ্ নহাক্না লোয়ননা,
পম্বৌ পাউকৌবীরগা,
চেংলৌ শকপাং চিংনা য়েং;
মচাগী থৌনা থৌদাং য়েং,
মপু পুক্নিং পেন্নগে,
পীবুকমুংদা নীংলক্লে ?

মালেম লয়খোঙ নোংখোঙবু;
তাইবঙ হৌফম শাৎফমবু,
ভরেৎলক হন্না কোয়হনা
খোঙ্গুল চুন্না লীহনা,
লয়খোঙ নোংখোং কোয়রুরো !
তাইবঙ হৌফম থিরুরো !

হান্না থুংবা ঈচাদা,
পম্বৌ ফম্বাল পীগেদা !

পাউখোল অসি তাবদা,
লাইমিঙথৌদী পাঙ্গনবা,
মশাবী ঈবুংঙো অশিবা,
পম্থো মপা পুনেমজা,
মনাউ চিংনা য়েংহুনা,
য়াম্না পুকমেন পাওমেন্না,
হুংশি খোম্না হায়রকই !
মাগী নীংবা হংলকই !

ঈশানৌ ঈবুংঙো লাংলেলতোন !
ঈয়াম্বগী শিম্নৌতোল !
চংসী লাক্লো ঐখোয়নী,
য়েংকা ওয়গা খুৎশম্না
পম্থৌ য়াথং পাঙলূশী
লয়খোঙ নোংখোঙ কোয়রুশী
তাইবঙ হোৎকম থিরুশী
পনথৌ খুভম ফংহৌশী !

মশাবী মপাউ তাবদা,
ঈশাবী ঈবুংঙো অশীবা,
ননাউ কোন্দে ভনৌবা
পাঙ্গল শোনবা ঐহাক্তী,
ঈতিক ইপা নত্তরি;

মন্নুং মতম চান্দরি,
শাম্বা শমু শোনখিনী;
লয়খোঙ নোংখোঙ কোয়খিরোই
তাইবঙ হৌকম খঙখিরোই!
ইয়াম্বা থৌদাং পাঙবীরো!
পনথৌ পাওতাক পাউইল্লো।

মনাউ পাউথুম তাবদা,
ঐনা ফমলে ফম্বালদা!
উনবী পুক্লীং হয়াউনা!
মফম অমা য়েংলগা,
খুদম অমা থমলগা,
লয়খোঙ নোংখোঙ কোয়খরে!
তাইবঙ হৌকম থিখরে!

ঈপুথৌদী পাখংবা,
মপু খঙবা পুথিবা,
কোকপী লুরেল লুক্লা
মমিত্তা পিয়াং শিনথনা,
নিংঙমদনা মুংঙাইত্তা,
থম্মোই মরাঙ হৌহ্না
লাইফম ফমলেল কংলাগী,
চাউরবা উজাউ অমগী,

পামেল উখোঙ মরুমদা,
খোঙনিঙনা লৈমায় তক্কুনা,
খোঙ্গেল খোল্লা কপলক্লে!
পলেম ময়া কৌরক্লে!

মচাগী খোঙ্গেল তাবদা,
মপু সনা ফম্বালগী,
ওইরোম থৌগল লাংলিবী,
পলেম ঈমা শিদবী,
মপাল লাংদা থোরকই!
মচাগী মনাক য়োঙ্হনা,
থোংনা মেঙবা খোঙ্গেলনা,
মপারিবু নাউথেমনা,
করি ফালম লৈবগী,
পারি নল্লা নহাক্লা,
থম্মোই মথিল নাইহুনা,
নুংহিকননা কপ্পনো?
থম্মোই শোল্লা ঊবনো?

মমাগী নাউথেম তাবদা,
পলেমগী রাহং তুংইল্লা,
মরম পুম্বা হায়দোক্লে!

লোইনা থৈনা পাউদম্লে,
মচাগী পাউথুম খঙলগা
পীবিরে পাউতাক পলেমনা,

মালেম লৈখোঙ নোংখোঙদো
তাইবঙ হৌফম শাংকমদো
পারি নঙনা কোয়বদী,
নতীক নপা ওইদরী;
মমুং মতম চাদরী !
শগ্নৌ নপাগী ফাখোঙদো;
পারি নঙনা কোয়রুও !
তাইবঙ হৌফম ছংলপা;
ঐহাক নহাক মহাক্রা;
ওইবনীবু খুম্ন্দা !

পলেম মাগী (মাগী) পাউতাকী,
ঈপুথৌদী পাখঙবা,
পনথৌ ফাংখোঙ কোয়ছনা !
পনথৌ ফম্বাল ফংখরে,
মুংঙাই য়াইফনা পীনম্রে ।।

# লাকচনদে অমনা

কোইরৌ রাংবদা পনথৌ ও !
মালেম লৈমাদ পলেম ও !
পলেম পনথৌ শাইওন্দা,
থৌরম থৌনি তাকপিবা,
লৈরাং নাচোম চানবা,
তাউজিং হৈরাং মুনবা,
নিংথিবা লৈকোল সুংশিদা,

তাইবঙ পানবগী মনুংদা,
লৈখল কয়া থারম্মী,
হৈপাল মউ লিংলমম্মী ।

য়াইবী পানবা পুম্নমক
শানশেম্মীরে ওম্নমক,
লাইরম তিল্লম খায়বীরে,
ঈরম খোঙলম কাংপীরে

ফুরুপ ফুরুপ নাইহল্লে,
তোখাই তোখাই তাহল্লে;
মাগী মাগী ফুরুপ্তা।
মীওইদুগী মরক্তা
মীথোই মীরু য়াওহল্লে,
মীংচৎ মিংকাও নাইহল্লে।

শীংকক চৈশিং থীবদি,
মুমিৎ চৈশিং পাবদি,
খুৎথেক তাঙ্কক থুবদা,
হৌখিববু ফংবদা
কুমজা কুমওন ওইনৈদা,
শিংঙেল লৈরাং শাৎনৈদা।

পুকচেল চাউবা মীথোইদো,
নমিং মথা নাইবদো,
চৌংশাং নাপোম অকোইবা,
মরম লমলেন মুংশিবা,
য়েরু লাম্বা পনঙাকই;
পুকচেল তিংনা চোংথোকই
মতিক ময়াই মথৌনা
লাকচনদে অমনা।

লাইনিং লিচৎ অচুম্বা,
চৎলিউ মালেম অসিদা,
চৎনিং চানিং মরমাই,
মুংঙাই য়াইবী মরাং কাই
অরাং অপা· লৈঙবা,
নিঙবগা খুরকপা লৈপাক্তা;
চৌং তম মাম্না,
লৈপাকী থৌরম কাইরগদবা,
লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী;
মপারি মমোম্না।

লমচৎ থৌগল কাইদনা
থকসি খাসি য়াইবমা,
সাম্বা পাঙল কনবসু,
খোনা খিংজোল লৈবস্লু,
মালেমসিদা পোকখিদো!
মরমস্তু ঙাকখিদো!

পুকচেল চাউকা ঈপুশিং;
লৌশিং লৈবা খাইচৌশিং,
লাইগী পাওজাকি য়েংবলৈ;
মালেমসিগী য়াইনিদো।

মপারি কয়া লৈবদা
থোনা ফবা উবদা,
লাইবক চাওবী পলেমনা,
তাইবঙ পোকপী ঈমানা
শিদা নাদা হিদাকপু
পুন্সিগী মরু য়াইছুবু
য়েনগে হায়না কৌবদি
পীগে নিংনা থেনবদি
থোনা ফবা মচাশিং
লৌশিং লৈবী মমোমশিং;
চরোই তেতু খোঙলকপা
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা
হোরো হোরো য়াহোরো !
পারি ইমোম ঙাকহোরো !

পলেম য়াম্বা তাঁবদা,
চরৈ ফিগাও শাহুনা,
নিনরিদো মশরুক,
য়ানরিদো নশামক।

পাঙ্গল কনবা নিপাদো,
লৌশিং চাউবা মচাদো,

কাওরেল পোংপা চন্দুনা,
লৌবুক মাইকৈ তমখিদা।
ষনপোং য়োংলম ফাংতুনা,
অচওবা মরু হুনখিদা!

হুমাং মরিক মরিক্লা,
লৌবুক লমহাং শংখিদা।
লোইমোম ফৌদি নিংথিবা,
চরোং চুম্না পানখিদা।

চাবা চিগ্নাক খিবিক্লা,
মতিক চানা লৈবনা,
শাম্বা পাঙ্গল কল্লম্মা!
রাখল লৌশিং লৈরম্মী।
য়েক্লা খিবিক ঙাকথোকখি
ময়পাক মায়চৌ ফংজখি।

হরাউ তয়ামলহনা,
মীয়াম পুম্না য়াননা,
মাগী মাগী ফিরাঙ্গবু,
পাফল য়েকপা ফিতুবু
নোংদোম্ম খেংনা পাইহনখি

লাইনিংথৌনা চানবিথি !
অচুঔে য়াইফ চক্কুদা !
অচুঔে য়াইফ চক্কুদা !!

---

## মৈতৈ লৈমা

মৈতৈ লৈমা ঈমাও !
ঈংনা লেম্বী পলেমও !
ঙসি কোইরৌ মুমিংতা,
য়াইফ মুংঙাই মুংসিদা,
নচানা নাওতে শাজগে,
চীংগোয় পাওহংনজগে,
খুম্বীয়ুনে পলেমনা,
হায়বীয়ুনে ঈমানা।

করি ফালম লৈবগী ?
মৈতৈ পোকপী পলেমগী,

পেন্দা য়োব্রা লৈহ্রা,
থৃদাং পীবু ভৈখোক্লা,
পারি কনা তাইবনো !
নমোম কনা থিবনো !

মুঙবী মরু লাইখোঙ ঈ,
লাংমাই মুংখোঙ মুংনাও ঈ,
লাইখো মরূ কাইবগী,
ঈরম খঙদা চেনবগী,
চী মরু তিল্লি খোঙ;
লেপ্তা মথৌ পাঙবা খোঙ,
তিল্লি মরু ফুকপানা,
লৈঙাঙ মরু কৈচরেংনা,
সিনবা থুংনা চাহবনা;
সাম্মী লাম্মা থেনবনা,
উঙমনা চাংদোল লোম্বনা,
তুমিং য়ুরাল চংবনা,
ঈরম মৈবু হোবনা,
লালচিল মৈনা চাক্কুনা,
খাম্বী মৈজাও হোবনা,
ঈগী নোংবু চুবনা,
পলেম হিক্লা [illegible] ?

মতমগী রায়েল ওইত্রা ?
খোঙলৈ মমিং স্নত্রা ?
খৈনা য়াংকোক মপালনা,
লিরু কিসি তৎপরা ?
লৈপাক মই চৎপদি,
লমন ঈথিল লাংবদি,
থুম্বীযুনে ঈমাও !
হায়বীযুনে পলেমও !

তুই তরং লাইজনা,
তরু ইঙো ঈরুনা,
ঈসেং তরু তরেংবী,
কোঙবা পুমসাই নিংথিবী।
সেংথোইবীদী কুমস্থ খোঙ,
মালেমগী য়াংলম খোঙ;
অচি লোকী চীংকোই ঈ,
লাইকোল মুংগী মুংজেং ঈ;
ঈরম খোঙলম তরেৎমক,
লোতাক ঈশা মপলমক,
হিচল চুকথাখিবরা ?
ঈরম খোঙলম ফুনবরা ?

ঈচেল তুংনা লৈবগী
ঈরম খোঙলম কাইবগী

পলেম ছিন্না কপ্পান্না ?
তুসোন মানসোন উবন্না !

হো ঈমা পলেমও !
ঈমা করি নতৌনো ?
মপুনা খোঙবী কাম্নোওন্নুং
তকনা লৈবাক ফংবা নোং
হালেল হান্না লৈরম্বী,
লৈয়েং লৈফাই ফাইরম্বী,
মচাগী মশক উবদা,
পাঙ্গল থৌনা খঙবদা,
লৈতোল কাসি থোকখ্রবী,
খোঞ্জেল মপুং ফারবী।

লৈবাক ঈরাং হৌরিবা,
লালচিল মৈনা চাকলিবা,
মতিক মথৌ পাংগলনা,
লোইনা খৈনা মুংঙমবা,
থাইনগী মীরেল য়াইওইবা,
উলোক শাগৈ তাবুংবা,
ঈপু খোঙনাং থাগুম্বা,
চংখিবদাই মখোয়না,

থেংনদরা পলেমও !
খুম্বীয়ুনে ঈমাও !

শাওমনখিছ্না খুমগ্ররোই,
হায়জছ্না ভাওগ্ররোই
খনগ্রবরা পলেমও !
নিংগ্রবরা ঈমাও !!

---

## মাওদে বৈরি ঐখোয়গী

লাউ ! লাউ ! চংসী লাউ !
পনথদনা চংসী লাউ !
মৌ তাত্রবা তোব্ব'ান্দা,
শোওলবা নারক শীংলক্তা;
বৈথিনি ইদোম মসিদা

পাইমা মুংদা খল্লুনা !
নিংঙাইদনা লৈফদে,
মতম ঙাইনা লেনফদে,
সমু খুজেং পায়গে লাউ !
খুংসমননা চঙসি লাউ !

মমাঙঙৈগী মতমদা
লৈরম্বা লমদম অসিদা
ঈপা ঈপু অথোইবা
ঈচিল ঈনাউ মুংশিবা
ঈমা ইবেল অথোইবী
ঈচল ঈচে মুংশিবী
কাউশিন্নবা ঐথোয়না
খঙজিন্নদা থল্লোয়ন্না
কয়া কুইনা লৈখিনি,
মতম কয়াম লেনখিনি ।

ওইরোইদবা লম্বীদা
নিঙঙাইদনা ঐথোয়না !
চংকে খনবা তোঙ্গসি,
পন্থুং তানবা লেপলসী,

খঙদ্রি উদ্রিঙৈ মতমদা
সেরাম্নবা ঐখোয়না
লাম্ন চৎপা লম্বেলসে
খুদকসিদা লেপলেসে !!

---

## নুজা নঙবু কনানো

শোরোক্কী য়াঙবী ময়ায়দা,
ফিগে ফিঙাম খোন্দুনা,
মোইরাংফি ফিজিল চল্লবা,
হঙ্গামপান ইন্নফি ইন্দুনা,
,খাঙকাপ খোঙদোয় হুল্লিবী,
নুজা নঙবু কনানো !
শিংভেল নঙবু কৈদনো ?

নুজাগী চেংলৌ উবদা;
পাথং থম্মোয় লকাদা,
উনবী মথিল হোৌইদা !

শেনগোই তাবা মায়থোংদা,
তণ্ডাংলবা চীনবান্দা,
পাতক তৌনা লিপষ্টিক্লা,
তক্লা নাম্না তৈরকপা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা !

কোক্কী শম্নাং অমুবা,
চোইজাইননা ফারপ্পা,
পাক্লবা লেংপাক নঙ্গন্দা,
শরা শম্না তাম্নিবা,
মীৎকম হোংবা ভমদেদা !

কোলোই মিংলেললনা করিনো !
পলেম পস্থোনা কনানো !
চীওঙ্ কনানা কোনবা লম,
খোইয়ুম কনানা পুবা লম,
করম্বা লমলেল লৈকায়দা,
মুক্তা নঙনা শাৎলিবা ।

ঈথক্তা ঈচেম শাৎপিরা ?
ঈখাদা ঈনাউ পোম্বীরা ?
পলেম পস্থো অনিনা,

কৌইরৌ শিঙবুম খুদিঙদা,
হুমীৎ থাগুম য়েংবীরা ?
খঙদহুনা হৎজবা,
য়ারৌব্রা নহাক্লা ?

য়ারৌবিবা তৌবিন্নু,
খোয়খা লিনখা থাবীন্নু,
চেংলৌ হেনবী নুজাও !
মায়থোং ঈংবী শীঙেলও !!

---

## য়েকনবা (ভ্রমহুই)

ঐনা পিশক পিক্লিঙৈ,
অঙাং কোলোই মিংগৌঙৈ,
শাম্বা পাঙ্গল চাওক্রিঙৈ,
মম্নুং মতম ওইক্রিঙৈ,
পাইমা নুংদা খোয়দাবা,

উনবী মুংদা নিংজবা,
পোম্বী অমা লৈরম্মী
মুংশিনা চান্না য়োকলম্মী,

মমুং মতম ওইরগা;
ঈতিক ঈপা চারগা,
মীরোল ঈরোল তমবীগে,
হায়নিংবা হায়বা ঙমহনগে,
হায়না হুমনা পালহনগে,
মনিং মখা তমহনগে,
সেম শানা লৈরিঙৈ,
রাখল পরিং হুন্নিঙৈ।

অঙাং ওইবা মতম্না;,
চংনিং চেন্নিং রাখলনা,
মাংওইননা থম্বনা,
মরুপশিংগা লোয়ননা,
চেন্না চোঙনা শান্নঙৈ,
মুংঙাই থোইনা ঈরোইঙৈ।

পাইমা ফত্ত লমহুইনা,
লূমহুনা কোইনা সেন্দুনা,
ননাক নকনা লৈবনা;

পোম্বী মাবু ল্যাকখরে !
লমহুইনা থুহ্ম চনখরে !
ঈতিক ঈপা ওইদনা,
লমহুই ফাগে থল্লুবা,
অরেম্বদা ভাহোরে,
নিংঙমদনা লেলহোরে !!

---

## কাউরবরা নহাকপো

লমলেল লমদম মুংশিবা,
চিঙ্খে লাল্লুম মকাইদা,
পলেম পল্হৌ অনিগী
অমংতা পোকপী ওইরিবী !
চেংলৌ হেনবী মুজাও !
কাউরবরা নহাকপো ?

নোংমা কোইরৌ মুমিত্তা,
লুরুক্কনা ঐহাক্না

নিংঙাইদনা ফম্লিবৈ,
মালঙ ঈচীক থেম্লিবৈ,
মুঙ্গা নহাক্লা নথনতা,
পাখঙ ইকাই ভমলকপা;
ঙংনিঙবা ব্রাহং কয়াগা
ঙাংনিংবা ব্রাঙাং খরগা!
পরেং চানা শেম্লগা,
হায়নিঙবা হায়বা হৌরকপা
কাউরবরা নহাকপো !
নিঙশিঙব্রবরা শিংঙেনও ।



মমুং কৈকোই লৌওনবী
মুন্না পাউথেম হৈবীনি,
নতা শানা পুদ্রিবৈ !
মরুপ শানা থেমদ্রিবৈ,
বালেম অঙান পানশিদা,
কওলয় লয়কোয় ময়োন্দা,
ংশনা চান্ন চিন্ননা,
অঙম্বা মতেং পাংননা,
নৈমিন্নখিসী শকহেনবী ।
মুরা নঙবু নিঙথিবী ।

---

* তাবীয়ু পোথাবীয়ু :

অইবগী ফোঙজপ্লবা মনিপুরী কেসেত

ঈপানাৎ-ঈপুনাৎকী লাইরোল শৈরেং

**শক্লোল-সৈরোল**

* মতম ঙাইবীয়ু :

অইবগী মথংগী খুৎফোঙ;

**নিঙোলগী পুনসি তম্বা ওমদে**

রাখলনা শাবা মী ( উপন্যাস )